ময়ায় চমথরে জ্যামিত্রি অলঞ্জ্যত্রা
অঙুবৈঙ চৈরাক কীতুনা ফাথিবা
বারক লীচিং ইনখিবা।
হিংনবগী লানফমদা চঙগদব
থুজু থুংলাইদি পায়হৌদে,
হিংবদা বারক্লব পুন্সিনা
চংজগদব লৈকোলতুস্থ উহৌদরে,
থুরক হাংবস্থ লৈতরে নীংবকায়বদি
অবাবগী চৈথেং লোইবস্থ মরৈতে।
থাংঙুথক্তা কেয়রব পুন্সিনা
উরকই শুপ্নগী শক্তম অমত্তং
কায়হৌরব থমোয়সিনা থঙলকই
অমত্তংনি, মুংশিব কাউঙমত্রবা।
লনথুম-মীংচং-হরাউতয়াম
উফুলঙাক্লি পনহ্রিমদাই
চারবী মহাকতো কোবীরকউ—
লীরমগে বারী থরদং পেম্মা
শক্লমগে মহাক্কী ন'কোংদা
শোস্থরব থোস্থাংগী ইশৈসে।

( নঙ ঐ পুনলশি )

লাও চংলকউ ইনাক্তা
ফমলোলাউ চিংনদ ঐগী য়াতাফম
নঙ অমত্তনি ঙাইরকপা
থমোয়সিনা লেপ্পা লৈত কৌরীব ।

ঐগী ৱারীসে তারগা
নৌংশিংলক্কনি নহাকসু মথং মথং
পাউখুমলকউ নহাকসু মুংশিনা
অরোৎপা লৈত শামীমশি ৱারী ।

অতৈ নত্তে বাৰীদি
য়েকহৌবহুতনি থমোয়সিদা
বাৰে বানা থাঙজব
চাকলে চাক্লা নীংজব ।

ঐঙোন্দদি ঙৰা অৰেম্বনি
থমোয়মুংগী শৈৰোল নত্তনা
থৰায় অনীনা লাঙতক্লব
লাল্লগে হোৎমৰিব পনথৈ কয়া।

পুন্সিগী অৰ্থ কৰিনো
ঙৰবদি 'পুনলশি' অমত্ত ওইনা
নঙ-ঐ তোঙানববু ওইথোক্তে
হায়ৰীব নত্তৰা পুন্সিনা।

লম্বীহুদা তিংথং তুম্বৌ কয়ানি
ৰাংলব চীংজাওস্থু লৈৰিবনি
চৰামচদৎনৰব থমোয় অনিনা
অমনা অমদা পুল্লগে তামৰকপনি

( অমত্ত ওল্লশি )

ফজবনা শুমহৎলে
হুংশিবনা ঙাউহল্লে
অপাম্বনা ইনশিল্লে
হে শকহেনবী নঙবু ফংনব
থবায় মানা পিরে পোন্থা

থঙলে নঙবু দি
লাক্নরো থঙনব ঐহাকপু
নঙসে ঐগীনি

ঐসে নঙগীনি
বামীম্নৌদি তম্নম্বনি নোংদম্বনা ।

ঐবু উনীংদরা
ঐনা নঙবু উনীংবসিগুম
ইপাউবু তানীংদবরা
নপাউতবু থৌরাংলিবসিগুম
মান্নদরা নঙ ঐ হৌজিক্তি ।

মুংগ্রনি মান্নদব লীশিং
মাংগ্রনি খেন্নরম্ব কয়া
তংখাইনি মপুম অমত্তগী
নঙ-ঐ, ঐ-নঙ পুন্দববু য়াদবনি
লৈশেম্বগী থুংশীলনি, থৌরাংনি ।

## ( থেঙনররে থেঙনা )

মপোকস্লিনা থিল্লকপনি
মপোক কয়াল্লক হন্না পোক্তুনা
মপোক সিদা থেংনররে
পুন্সি তংথাইবু চল্লকলবদা

ঐগী ধর্মদি নুংশিবনি
ঐগী হৌনশাদি থাজবনি
ঐগী খোল্লাউদি পুনশিনবনি
নঙনা করি য়ানীংদব চাম্নবী।

ঙাইরম্লীবরা নঙস্থ ঐহাকপু
য়োংলী তাল্লাগী মরকসিদা
মৈদা ইক্লবা সনাগুম
হেন্না লংহনগে মত্তাগুম।

থেংনগনি থাজরুদে নঙ ঐ
অশুম্না সমাজগী মীনোকমীচৈদা
থঙদে, থেঙনগদৌ' লৈরদি
করিগী অশুক থেঙহনবা।

( ঐ অমসুং মেনকা )

হৌখি কপ্পুনা নাবা পুন্সি
চংখি যৌবনসু তৌফম খঙদা
কনাবুনো খিন্নকপা কনাবুনো ঙাইরকপা
কাইনথংদা খঙলে নঙতবুনি নঙতবুনি ।

চংলুরে লমথৈ কয়া বানা
চংলুরে নারক উরক চংজফমনি থম্না
মঙলান কয়াদা মঙলাক্লক্লরে
দাগফম কয়া লৈহৌরে হুকচাংদ ।

উনরবনিনা কাওথোক্লো ঙম্না
চয়েংনব তাইবংগী ওইদ্র-বারী
খঙনরবনিনা মুথংলো ঙম্না
অরানব কয়া ইখিবদো থমোয়দা ।

চান্নবী নঙসে অপ্সরানি স্বর্গগী
শুন্দাংয়াই পুবীনি মেনকা চাশ্নগুম
নঙবুসু কৌরগে ঐগী "মেনকা"
খঙনবা হোংনরো থমোয়সে, মেনকা ॥

( তীম্নদ্রব লম্বীগী খোঙবু )

ঙাইখো, ঙাইখোমি
নঙগী ৱাহ্ন তোকখো'ব !
তাখো ঐগীৱা হান্না
নঙনা হঙনীংলিব কয়াদো
ঐগী ৱাসিদ ময়াউরমগনি
ঐগী ৱাহংদস্নু নঙগী পাউখুম
নঙগী ৱাহংদস্নু ঐগী পাউখুম ।
হান্না তমখিগে ঐগী মঙলান
তাখোনে হান্না মেনকা,

মেনকা,

নঙ-এ্ৰৈ তিম্নদ্রব লমথুংগী খোঙবু
চৎলম্ব লম্বীদৈ থৈদোক্ল উনররে
নোক্লরি কনানা, কনানা চৈনরি
নঙগী থমোয়বুদি থঙবীদা।

মুংশিব

অশুক উপায় লৈতব
নঙঐ বন্দি ওই, খুৎতা য়োম্হিলং চল্লবা
খোঙ্গোইনরে মীরক্তা চেক্ত মলৈতুম মরক্তা
ইথেঙ তারে মায়থোং অনী —
চেম্থরে লৈসায়য়ৌনা, পুন্নুরগে মতাগুম।

হায়রো

তমলো নঙগী বা,
মথাতাগে নঙগী য়াবা তারগা
নঙনা হৎনীংব বাহৎদি করি
করিনো মুংশিব হৎগেরা
করিনো পুন্সি হৎগেরা
হৎনীংবতা হৎলোনে তম্নীংবত তমলোনে।

## ( মায়ানি ময়া )

মায়ানা কুপলি
তৌশীন্নবনা থল্লি,
অউবঙ্গুস্থ চুম্লমদে
অখণ্ডবঙ্গুস্থ লাল্লম্মী ।
খণ্ডলোইকো লায়না
ফাউরোইকো থমোয়দা
করিনো নুংশিব
করিনো অশেংব ।
ওইনরি, খংনরি
শাউনরি, চৈনরি

য়েংনরি, মুক্তরি
কায়নরি উনরি।
শিম্বগনি পিরাং
মিকুপ্তং নোক্ৰমগা
লেপলোই পিরাংদি
খম্বনাইরোই নুংশিবগী।
লেপ্তনা ইরকলি
ইখিগনি লেপ্তনা
ইশৈ কয়া শকলকলি
শকখিগনি অশুম্মক।
ওল্লকপা থাজগুম
হোংলিব ঋতুগুম
শুর কয়া ছন্দ কয়া
থোরকখিনি নঙগীদমক।

( লম্নাঙাই )

ঐগী থমোয়না নঙবু খোইদাজৈ
ঐগী মীৎয়েংনা নঙতবু মিতাজৈ
ফজবগী মবেম্মা শুমহৎয়াইবু পুন্নিবী।

নঙনা থাংব খোঙথাংদি জগোয় শাথেক্নি
নঙনা য়েংব মীৎয়েংনা লাইরাবু পুবনি
নঙনা নোকপা মীনোকতি ময়ায় কাবনি।

ফজব-নীংথবি— শুমহৎপা পূন্নমক
নঙগী ইন্ন'-চরৈগী লৈতেংনি
নঙগী লৈতেংদি থমোয় চাম্মনি।

নঙগী মায়থোং, মায়থোংদা চিনবাল
নঙগী রাঙাঙ, রাঙাঙহ্দা শুমহৎয়াই
ঐগীদি লাম্ন'ঙাইনি নঙগী পূন্নমক।

## ( শমজীগী লৈহাও )

নিজহৌগে নঙগী শমজীগী লৈহাও
থমজহৌগে লোম্ন-চেৎনা লাৎতুনা
লৈশক্লা ফজবনে লৈনম্লা মুংশিবনে
মুংওল্লে থমোয় হাপ্লবে মুংশিইনোৎ ॥

অচম্বদি নত্তে থরায়বু পাল্লবনি
নঙগী শমজীদ লৈত্তেংবু ওইরুব
নঙগী শক্লোম্নি মুংশিগী থমোয়তুনি
লৌজহৌরে লৈহাওসে নঙমক্তি থন্দুনা ॥

মুমীৎ খুদীং ফংগদয়া পামজব
হয়াউ হয়াউ খুদোনগে খন্দবয়া
লৈনাদি কংপ্রবসু চুহুনা লৈহৌগনি
মুংশিগী লৈনমদি থমোয়মুংদা অশুম্মক ॥

পকচৈদ ফজৈদা নঙনা লৈতেংব
চুনৈদা চানৈদা থমোয়গা লৈনমগা
পত্থব নাইরসু ঙসিগী লৈরাংনা
হয়েংসু লৈতেংনি অনৌব অমনা ॥

লৈরাং লৈহাওদি হোংবয়াই মুংতীগী
লৈনমদি লৈমুংশী হোংবদি মরৈতে
লৈনমতুনি ঙাউহনব থমোয়বু নৌহনব
চূশমু চরৈদা কোকপানাইদ পুন্সিগী ॥

( নঙগী ব্রাহং দো

নঙনা হংখিবদাই মুংশিব করিনো,
তৌফম খঙলক্তা হংখিবনি মুমীত্তো।
নঙগী ব্রাহংগী পীগে পাউথুম
থনখি থমোয়না ঙমখীদে চিনবাললনা।

খুম্লগে ঙসিদি লেপলে পুক্লিংনা
অহিঙ কয়ানি তুমদনবু খল্লুবা
কনাগী য়াব্রাম্সু তারুব লৈতনা
ফোঙদোকে খল্লে থমোয়নুংদা ফাউরিব॥

মুংশিবগী লেঙল্লব খুদমনি তাইবঙসে
লেঙলী-পাল্লীব চৎলী-হিংলীব
মুংশিব নত্তনা মুৎখিনিদো ঙম্নমক
চৎলি হোংদনা থাজম্নু কোয়ৌম্নু ॥

তীম্নব য়াবমখৈ মশেল তীম্নব
নমথেকপা ঙমহুনা অথিঙব লৈব'খৈ
লম্বীহুদা হেল্লীমখৈ য়ৈথাই থীঙ্গাই
হেম্না কম্না চীংশিনবনি মুংশিব ॥

মুং-পাল নায়ুব তাইবঙদা
মপাঙ্হোংগী ফজবগা লকামুংগী খোঙ্হাংগা
পুল্লপ পুনখিহুনা চিংলরবদা থমোয়বু
শিথপ্রবোই মফাউব মুংশিবহুনি মুংশিব ॥

( সৈভ্যতা )

লাউনে লুংশিবী
অঙকপা তাইবঙগী ৱারীবু শাশি ।
কলি কৌব যুগসিশু লোইগ্রমালে
করম্ব যুগ অমদা খঙদে ঐখোয়না চঙলিব ।
তাউনে চান্নবী
চাউখৎপগী মীংদা লমজেনবু তান্নব
মশীং খঙদ 'ন্যু ক্লিয়ার' বমবু শাগ্রব
চাংয়েং কয়ামা তৌগ্রব ফোংনা কয়ামনা লোম্না
খল্লুনে অমুক্তংদি
য়েক্লব কনাবু হাত্তুনা অকন মথোবু শাদৌরি ।

করম্ব হীংচাব করম্ব মীওৎপা লৈবগে
অশুক তমথীরব থৌরাংবু তৌরিব
হায়য়ুনে নংহাকস্তু
শান্তি মাংথ্রব মালেমসে উদরা
শোয়থিব থৌওং অমনস্থু তুমহল্লনি মীওইব
নাপলগী ইথক অমত্তুংনস্থু মাওহল্লনি পুন্সি
খল্লুবদা তুজুংব্রা
অঙম অঙম্ব হাৎনবা শেক্তুনা চানবা
অকনবনা অচুম্ব অশোনবনা অৱানব
করিমত্তা হোংদ্রি সভ্যতাগী য়াউলদা।
করিমত্তা পামজদ্রে
চাউখৎপা, পাঙ্গনবা, সভ্যতা
মমীংত মহোংব মপান্থোংত ফজব
পোলোইদি খল্লদা নাপলদা ঙাউরিব।
পাখৎলব্রা চাম্নবী
নুংশিবনা অখোইবনি নুংশিবনা শান্তিনি
চাউখোকপস্থু লৈতে মীহৌবস্থু পকতে
'সিতনা শেমথিবনি তাইবঙ সিতনা অচুম্বনি
হায়য়ুনে চাম্নবী
অৱাবস্থু খাঙগনি ৱাকৎ অমত্তা তৌরুদনা
ওইজব থিবীকস্থু হুন্দোকলি কনা ১ গীদমক্তা
ওইগনি শান্তি ওইগনি সভ্যতা॥

( পদ্মুনা চৎখি নঙবু )

নঙবু পুহুনা চৎখি মানা
পীরমদে পাউথুম ঐগী বাহংগী
চিংখি নখুৎ পায়হনা মান
উপায় লৈত য়েংহৌই পীরোইননা।

ঐগী থমোয়বু থুগাইরগে থন্দুনা
নঙগী লৈনাবু নৈহৎকে থন্দুনা
মীকুপ-নাহুমবু শেনবনি মানা
কলকচাউব মানি থমোয় পান্দবা॥

চিঞ্জাক হুল্লগা চরৈবু থোল্লগা
থুহুম চল্লে খম্নবরা পুন্সিবু
থমোয়বু থঙঙমদব নুংশিববু উঙমদব
তাইবঙ শেবাৎনব মানি তৌঙস্বা॥

হাদ মেনকা লাইবকচাউবী নহাকপু
হিংলীবরা অহুম হিংবগীদি মীংদা
থমোয় ঈচেল লেপখিনি কাউবরা
লাক্লো থোরক্লো মতম ওইদ্রিবরা॥

( ৱাশক )

ৱাশক্লশি চান্নবী থাদোক্লরোই পুন্সিগী
ঙম্নবদি নঙনা ঙমলোই করিগী ঐস্নু
লাকশন্নু হৌনহুনা খুদোংথিব লীশীং
লেপকনি ননাক্তা অকিব লৈতনা

কনা তাদে কনা উদে খনগন্নু
মালংবস্নু উন্নি চেকপলনস্নু তারি
নঙগী থবায় ঐগীস্নু থবায়
কনা লৈরি অহেনবা শাক্তি ওইনব ।

মপোকসিত নত্তুনা লাংওন কয়াদা
থাদোক্লবা লৈত্তা চংমীন্নশি নং ঐ
থাথ্রবস্নু থবায় মাঙথ্রবস্নু মীংচং
থমোয়সিদি নঙগীনি নঙ্গীদমক হিংবনি ।

ঙসি কৌব কোরৌনা লেপথ্রবনি
য়ান্নরোই হোংব মপোক মপোক্তা
হয়েং কয়া লাকসন্নু হোংলরোই ইবানী
হয়েংশু ওনখিনি ঙসি হোংলবস্নু হোংলরোই ।

চিংনদনা উইথরো মিস্না থম্বালদো
মকা লাম্ন থমোয়দো ফোঙলো চিনবালদা
বাহৈ চাম্মনা নক্তে মীনোক অমত্তংনা
অমত্তা ওইব মঙলান্দা তুমলশিনে ঙসিদি ॥

( নুমিদাংৱাই )

মুমীদাং ওইরে চান্নবী
থানিল মায়থোংনা মুনা য়েঙলক্লে
নঙগী নাপ্লদা ঐগী নাপ্লদা
পাউহুংলরে— চেল্লীবরা মুংশি ঈচেল।

থাজবু উবদা মুংগুল্লে
হায়কম খঙদা ককঙাউননা চৎলে
মুংগু মুংঙাই ৱাসু মৱাই
উসু উরি নহাকপু উসু উদে ইমীৎনা।

মালংবনা লীরি হুন্নরে
থাবল্লেগী লৈনম্না হাপ্লরে মৈচাক
চেল্লগে ননাকয়োনা থল্লে খঙহৌদ
কপমীল্লগে উপায়-লৈত থাবলসিদ।

মুংশি মহাগী তংলুরে
থক্ল থক্ল হেন্নক্লেদো খোৌরাংব
থাবলনসু কোক্কহন্দে মালংনসু ঈংহন্দে
চাক্লীবরা— শেল্লীবরা হায়কমসু খঙহন্দে

শকথ্রগুনরে থমোয় )

ঐগী ইশৈ কায়রব থমোয়গী
নঙগী নাপ্পদা নঙগী চিনরালদা...
মহৈ য়াল্লে ইজরুব—শকচরুব
য়ৌথ্রমাল্লে পাউথাংসে নঙগী থমোয়দা।

চৎলশি লাক্লো অথাপ্প লমদম'মদা
লোম্হোক্তা থমোয়না বারীবু শারুশি
শকমীন্নরুশি মুংশি ইশৈ লোইনায়দা
মান্নহনশি খোঙথাং থমোয়গী তাম্বাগা।

মসিরা মীওই মপোক হায়নরিবদো
মক্‌ম-মতম্বু নাইদনা তম্লপা মুংশিব
বসন্তগা শরতকা ইরানবু মান্নরে
নঙ-ঐ খেন্নবম্ব লীশীংস্থ মাঙখরে।

লাকলো চান্নবী থুনা য়াংনা লাকলো
পুন্সিগী লম্বীদা থমোয়গীদি লীচিংদা
ভুংহল্লা য়েংগে খন্নুন্নকো হৌজিক্তি
থৎলীব চৌংজাউসে লালমীন্নশি খুৎশন্ননা

## ( ঐগী চাম্মা নঙগী তরা )

ঐগী চাম্মা, নঙগী তরা
ঐগী নিশীং নঙগী চাম্মা
ঐগীনা থরাম্মিচাক কোটি
নঙগী থাজ—মদোম
ঐগীমা পুন্সি—নঙগীনা তাক্কক-অমা।

ঐনা লিরি হুগ্রীব মালংব
নঙনা নোংমতং লাকপা পুর্ণিমা
থেন্নরে নঙ-ঐ হায়ররোই ঐদি
থাজপা মোংইনগা মৈরীগা মৈরানবীগা।

লেপত্রব ঈচেলনা ঐগী মীৎলুদা
নঙগী মীৎয়েঙদা থোৗশাদব মতৌ
হৌনবীনি চৎনবীনি হায়গে মহুব
লুংশিরুবনি ঐতনা ভাউরুবনি ঐতনা॥

মায়থোঙ-পূর্ণিমা )

নঙদি থাজনি পুর্ণিমা অহিঙগী
অথোইব খুদোলনি খুৎশেমহৈব বিধাতাগা
লেঙদনা ঙাল্লি শুমহৎপী মায়থোঙনা
উরুব কনাগী চিক্ল'-থমোয় অতিয়াদা ।

মুর' লৈচীম্না কুপশীল্লগে হোৎনব
মোমোনত মনোকপী পুর্ণিমা থাজ
নিংথীব ফজব অহোইনহুম হেনগৎলে
চোইজাইনর' শল্লাংনা মায়থোঙদা তারব ॥

ঝাকৎচদে থাজদ খঙবীদে মৈচাক
ঙাউজরগা পেঞ্জরে মশুংলাংগী
মৈরানবী কনানা ঝাকৎথিবগে মৈরীদা
চাক্লগত পেঞ্জবনি নুংশিরুব মহৌশা ॥

( করি থোকনৈ )

নঙবু ঐগী কনানো
মীনা হংলগ করি খুমনি
করি থোকনৈ নঙ ঐ
ঐনা অশুক ঙাউজরিব ॥

চিনবালদ নোকমী তৌরীব
করিগুম্বদ নমীং শোল্লীব
করি হায়না খুমশিগে
হংলগ মরম ঐঙোন্দা ॥

করিগী হোংলিব পুন্সি
অহিঙদ তুমদ লেল্লীব
হুংথিলদ মঙবু মঙলিব
হায়য়ু করিবু খুমশিব ॥

ঐদি ঙাউরেদো )

উদরে নৈঙমদে উরে খোইরাংই
করি লাইরানো অশুক ঙাউহনব
তাইবঙ শেবাৎনরে ঙাউরে হায়নরে
নঙোন্দস্থ থোকপরা হায়য়ুনে মতৌসে ।

অয়ুক মুংথীল লাক্লীংহুনত নৈরব
নঙনা নৈব লমদমদি লমম্নুংশী
মুমীৎ খুদীং চৎনীংহুনত নৈরব
নঙনা চৎপ লম্বীদি খোইদাব ॥

কনাস্থ উদরে পাঙলবস্থ ইমীৎসে
থৎথরে মীৎমাংদ নঙগী শক্তম্না
কনাবুস্থ খন্দরে খল্লম্বস্থ কাউথরে
নঙগী ঙম্না ওইথরে ঐগী মপোক ॥

( অশৈব নঙ অমা )

হে শুমহৎয়াই-পুব চাম্নথোইব
নঙগী ইশৈনা নঙগী শৈরোলনা
য়াকাইহল্লে নৌনা তুমথরুরব থমোয় ।

থম্ব লৈত্রব ইশৈগী অশৈব
নঙগী কলম্মা নঙগী য়াবানা
শাৎকাইহল্লে নৌনা পথরুরব লৈরাংসে ।

হে মুংশিব থেঙনা লাকপ পামুরা
পুন্সি তম্থাই হেল্লবদ উনররেদো
কম্বম্ব নোংদম্নো য়াচংবদা ঙাল্লকপা চীংথৈ ।

নঙগী থমোয় য়াবাবু তাজবদা
নীংশিংলক্লে লাঙোন কয়াগী মরি
তংপা নাইদ মপোক থুদোং পুল্লকপা।

হৌখি'-মপোকমদা থুংনখিদব
লম্মথাংদা কেমখিব পুন্সি শিন্থা পাঙত্রীগৈ
থমোয় অনীগী বাশক্লা থবাই পোম্থা ওনখিব।

নীংশিংহল্লে ঙম্মা নঙগী ব্রায়ীনা
থাঙমীম্নখিব অত্তুগৈ চৈরাক চৈথেং অকনব
ইচেলকল্ল ইরোম্মুং থামীম্নথি থব্রায়।

পম্থোগী চৈরাকপু থাঙশিন্না
পলেমগী য়াব্রাবু ইনশিন্না
নুংশি হৈনা নতুংব্নু ইনশিরা।

কাউরবরা ইনেম্মচাও
কনখিবনা নুংশি নঙগী লৌচীং
য়াইবী থব্রাইবু থামিন্নশি তেমশীংখি।

য়েকশলাইগী থারব মীৎয়েং
চৎনবী চেকপলনবু কোয়না থাগ্রব
থবায় অনী তনীক্লা থাঙখি তিনখি মালংদা।

## লাংচরগে লকানুংদা )

লাংচরগে লকানুংদ কনা উহন্দ
থমজরগে থমোয়দ কনা থঙহন্দ
মপোকপসিগী নীংজব মপোকমদ থুংজগে
নুংশিৎকী লমথুংদি য়ৌঙমদনা য়ৌজগে।

বাই থঙনম্নু বাদরে মৈশা লাংবসে
মুংপ নৈত্ত চারুপম্নু নোঙলৈ নুংলীংতা
উনবগী মঙলান্দা মোমোন মোকচগে
উনবখোক্কব মাঙখিবয়াই মঙলানগী ফজবা॥

হোংব নাইব তাইরংসিদা হোংদরে নুংশিব
কুমওন কপ্পা ওনখরে পুন্সিম্নু হোংলকলে
অরেম্বাকে মপোকসে মীনোক মৈশা লাংলব
লাংঙোল অমসু ওাইখিদ্রবা নঙ-ঐ থুংনব।

( আশা-নিরাশা )

নঙগী আশাদ হীংলম্ব পুন্সি
নঙগী মৈচাক্তা কেয়্যনি ঙসি
নীংব কায়রব আশানা হুন্দোক্লব
অরোইব মীৎকুপ্তা থীজরি নঙবু ॥

শক্তম কয়াসে নহাক্না য়েক্লম্বা
লেপ্তনা তেংথারি নঙবু কৌহুনা
পুন্সি লৈকোলদা থারম্ব লৈরাং
লৈমায়দ কেল্লে লৈশাৎ তমজীতৈ ॥

লাইজ-ইরোম্মুংগী থরাই লেম্লেদি
করম্মা হীংথিনি মৈশা থাঙহনা
নোংদোল লম্বীদা ঙাইরমখো ঐবুম্ভু
ঙাক্লগে বাশক অরোই মীৎকুপ্তা ।

## পাপলা নুংশিব )

নঙনা হংলীব বাহংগী পাউথুমদি
মপোক লাঙোন অমদ পীরগেকো
হন্দকী মপোক্তী থঙবীয়ু অরেম্বনি
বাক্তরবীনি থম্না বারোবীনুকো।

অঙিয়াগা মালেমগা ঊনরিব মফমতুদা
চৎলম্লগে ঐহাক্তি ঙাইরম্লগে নঙতবু
তাইবঙগী মীরা মৈশা তাদ্রব লমদা
নহাকপু নীংনা ইরাৎচন্নমগে ঐদি।

নুংশিববু পাপকী শক্তমনি থম্নরব
অশেংব থমোয়বু মনতীকনরব
তম্লরোই করিশু লমদমসিদদি
হায়নীংব কোঙ্গাই ফোঙদোকচররোই।

## ( মীনা ভাগুনব তারগ )

মীনা নমীংবু পল্লগা
ঐনা করিগী তুজুংলিবা
নগুগী বাবু তারুরগা
ঐনা করিগী খাংগুমত্রিবা।

লোত্তুনা খমজবনি খমোয়দা
কনাস্থ খঙহল্লোই খনহ্নুনা
ভাগুনখরে লীনখরে মীয়াম্মা
ইবানীগী বাসে শন্দোকখরে
করিবু খোল্লগব মতুং'সিদ
বাজেনে ঐদি হায়ফম-খঙদ ॥

নোংমত হংগেস্থ খঞ্জবনি
নগুনা করিগী লিখোল্লম্বা
পেন্দব বারৌব কয়াসে
তমগে ওইনহ্নুনা নগোন্দা
কুইরে লাকখিদব নহাক্তি
হায়য়ু করম্নবু তমগনি ঐনা ॥

( খুৎশমননা পুবীরো )

নঙনা চৎপ লম্বীদা
ঐবুস্থ পুবীয়ু খুৎশম্লনা
অবা-নুংঙাই অনীমক্তা
ঐবু য়াউহল্লু চিংনদনা ॥

নহাক্কী নুংঙাই-মীকুপ্তা
শাজগে জগোয় হরাউনা
নহাক্কী বারব-পুংজাশীংদা
শিন্থগে পীরাং লেপ্তুনা ॥

নোক্লশন্নু অউব মীয়াম্মা
লঙনশম্নু কল্লকপা মখোয়না
থাঙজগে ঐদি নোক্কুনা
তাইবঙ্গী হৌনবীনি খন্দুনা ॥

( লাক্তদি মরাকউ ইনাক্ত )

কুইরেদা নঙবু ঙাইরিব, চান্নব ।
কুমশী-কুমওনস্থ অশুম্মক ঙাইখোরা
থেমজীনগে থন্দ্রবস্থ কপ্লিব থমোয়সে
চৈনীংব চৈররো ঈনাক্তা লাক্ত্না ।

মুংশিববু নোক্সরিব মীনোকশীংগী মরক্তা
থাঙফম থঙদা পুন্সিসে লেনখোরা
অহিঙ-মুংথীল থেম্নবস্থ থঙলকতরে
নোক্সগে নোক্সররো ইতৌসে য়েংলগা ॥

পুন্সিগী অরোইব চৈনাখোল ফংবদা
বারে-কৌবদি হায়রম্নরোই চিনবালদা
মৈরান-ওইব থবায়সিনা কেমখিবদা
নোক্সগে নোক্সররো "মৈত্রী" নঙনা ॥

কপলিবরা নঙস্থ, মেনকা )

(চান্নখোইবী নঙবু খাঙলিবগে কররম্না)

কপ্লিবরা নঙশু হো মেনকা
লমথুং-লৈত লম্বীহুদা লেপ্পুনা
ঙাইরিবরা লাক্লরোইদব কনা ॥

মঙলান্নি খল্লবরা পূন্নমক্কো
নঙগী-ঐগী হৌথ্রব বারী
মঙলান নত্তে চান্নবী
মঙলান্দি মাঙখিনি কৈদৌদা
হৌথ্রব থোদোকশীংগী মমীনা
খাংঙমদ্ চৈনাখোল পীররি ॥

নীংশিংঙনে নঙগী ঐগী বাশক্কো
'খাদোক্লরোই হিংলিব মখৈদি'
নীংহন্নব পোক্লবরা থমোয়গ্লুংদা
থনথ্রবরনে কায়হল্লগে বাশক্কো
য়েক্লবনা পল্লোন খাখরে
চৈয়াক চৈথেঙ অকনব পীররে ॥

## ( তেনগ্রব পুন্সিদ নুংশিব )

কয়াদ তেনগ্রবনো পুন্সিসে।
করিশু তৌরমদ করিসু ওইরমদ
মতম ওইরে হায়রক্লনি হল্লশি
কাউগ্রব লম্বীদুদা অমুক চৎলশি

কম্বিগী পোক্লমব মালেমসিদ
করিশু খঙদ করিসু ওল্লমদ
তাইবঙ মালেমদ হিংলম্বনি নিনিদং
শারম্বনি য়াইফব, ইতাং কয়া উৎলম্বনি

নঙবু খঙনব কয়া হোৎনরুরে
খঙবদি মঙমদে খঙলবোইত নীংলুবনি
ঐবুদি খঙলরিনি ধমোয়সিবুদি উররিনি
অশুক বানা উৎলফাউ উদ্রবরানে।

চায়বী নঙ অমতনি থাজরিব
কাউথোকগ্রবসু পূয়মক কাউঙমদে নঙবুদি
চৎপ তারসু চৎকনি ঐহাক্তি
থবায়সিনা থাগোন্দুনা মুংশিবদি মক্তুব।

ইতিহাস কয়া শেমখি মুংশিবনা
বাথোক কয়াসু ওইনখি মুংশিবনা
হিংলিবসু মাগীনি শিরবসু মাগীনি
মুংশিব য়াউদনা উদেকো তাইবঙ অমা।

## ( তোর্ব্বান অনী )

লাক্লো চান্নবী তোর্ব্বান বাংমসিদা
লাল্লো ঈপাকসে নৌরেনদো পায়হ্নুনা
থোক্তুরে পাঙ্গল ইখুংতেক্লা ঐগীদি
চৈনাথোলসে থাঙহ্নুনা নঙতবু ঙাইরি।

হোল্লকলো হিনাউদো ইনাকসে য়ৌনব
অকনব নোংলৈ হুমলক্লনি শোয়দনা
ঐনা লেপলিব লৈঙোই— তোর্ব্বানসু
নীংখায়থ্রনি শোয়দনা মথঙগী মীকুপ্তা।

করিগীনো শীস্থরিব পিরাং লেপ্তুনা
করিগী নিকলিব নথুং অনীমক
কুমথরক্লো ঈচেলসিনা হাক্লা কন্দ্রীথৈ
হায়জবসে তারগা য়ৌরক্লো ইনাক্তা।

মঙলান ওইরবোই থল্লবরা থোদোকসে
সুংশিবগী চন্নফম লৈতরে লৌরবরা
অরোইব মীকুপসিদা পুল্লশি নঙ ঐ
অনৌব মপোক্কী থোঙশাল্লশি ইবানী।

## য়েন্নীংথাদ ইঙা-ইঙেন )

মীৎলুদ করিগী ইঙা-ইঙেন
থমোয়দদি লোইদরি য়েন্নীংথা।

অহিঙসিনা লোইথ্রগ পিরাংশু লেপথ্রনি
নোংদোন্দা কুপলম্ব নোংগী মপৈ লোইনা মাঙথ্রনি
মুংশি পম্বুং য়োঁঙমদনা কেম্ব তারব
খাঙঙুথক্কী মপোক'সিস্থ লোইথ্রনি।

চঙজক্ষম লৈত্রব চোৎলব হকচাং
অঙৈংবস্থ ফাওদরে নোংজুগী অহিঙসে,
পিরাংগা তীন্নখরে নোংলিকস্থ মীকুপ্তা
থমোয়গী মৈশাদি অহোয়ননা হেনগৎলকলে।

( মী )

মী নত্তে ঐ মী মানবনি
নখোয়না থঙনরিব মী হায়বত্থু নত্তে
লিরব কোং অমা লীংলি মল্লব খোঙ্গ্রাউ অমা শেংলি
পৈশা য়াউদে ফুরীংখাউদ ॥

চংলি নখোয়গুম সড়কতা
খোঙনা চংলি পম্বুং য়েৌনব
স্কুটর নত্তে, কার নত্তে, লুনা নত্তে
য়েৌরগ লোইরে চংতবয়াদবগী চংলিবনি ।

কমলি চৌক্রিদা থবক তৌরি
থবক নত্তে থৌরেমনি
তৌফস্নু থওদা পওতৌ তৌবনি
শেল থোকপা সহী নত্তে তৌদব য়াদবগী তৌবনি ॥

য়েংউ ঐগুম্ব কয়াসে
সড়কী চিদায়দা উজাউগী উখাদা
থোংথাক্কুনা চারি, থকলি ; তুমলি
মীনি হায়না থম্নবীত্রবা মথোয়গা অমত্তনি ঐ ॥

তলব চারি চাব কোম্নদে
শৈরেং ইরি মমল লৈতে
বাব মখৈ বারগা কান্নবদি মরৈতে
নথোয়না কান্নৈ ইরা বাদবমখৈ ॥

ঐগী য়ুম, য়ুম নত্তে
ঐগী ইমুঙ, ইমুঙ নত্তে
মতপু তীন্নদে বাখলবু মান্নদে
শেল য়াউত্রবদা ঐগী কনা লৈতে ॥

বাৎপ নাইদবদি অরাবশিংনি
মীরোন খওলকপদগী রাবনা
পুন্সি তঙ্খায় য়োৌরফাউ বাতুনা লৈরি
থুরকপু হাংদে দষাগী দষা ॥

য়ুম্বাল্লে খৎনরে, পোকলে শিরে
পোকপগা অৰা অনা নংবগা মথং মথং
সংগ তৌরে মাঙজবত মথংব
সুংশিববু খঙউরে থমোয় কায়নবত ওইরম্ব।

নখোয়গী খোঙথাং ইনভমদব ঐবু
শাম্নপোৎ ওইনা লংখোক লংশীন শাম্নবীরে
তলবপু ফংহন্দা মীংচৎপু য়োন্দুনা
থাঙব মখৈ থাঙলে মীবু মানব ঐনা॥

অশেংবনি তাকলুই মনোকই
অচুম্বনি অফবনি উৎলুই মনোকই
পঙইদা ঐসে মতৌকপু চাদব
মীবু মান্না হিংবসে মীবু মান্দনা শিদৌরি।

অনৌব মপোক্তা )

পুবীরো ঐবু অনৌব মপোক্তা
থাঙব ঙমদরে পুন্সিগী চৈথেং
মায়থীরব ঐদি লম্মাংনরে ইথন্ত
হনফমস্থ খঙদরে চঙলুমব লম্বীসে।

হরাউ-হুংঙাইগী মীৎকুপ অনীদং
মালেমগী লৈকোন্দা নোক্লূরে ঐস্থ
কপ্পবত হিংবনি খঙলক্লে ঙসিদি
থাজবপূম্ব মাঙখরে অরেম্বঙাক ওইরম্লে।

মীনোক মৈশা লাংলব পুন্সিবু
লাইবকক্কব কয়ানা য়েংলগা পেম্মরি
থেমবীরম্ল অমুক লৌনম চিরোলনা
লানখয়ে পনথৈ খাঙঙম্বা থমোয়গী।

( ওইরোইদব মঙলান )

নঙবু নীংশীংদ্রব কনাগী মফমদা
করিগী ফোঙলুরি নঙগী ৱাকৎ
নঙবু খঙবীদ্রব কনাগী মমাঙদা
করিগী উৎলুরি কায়রব থমোয় ।

খুমজীনপ্রব লামায়দো অমুক হাংলুরমু
নঙতনা ইখিবনি নঙতনা মুৎথৎলু
লম্বীদা তারব থোঙ্গাউনরব নাচোম
কনানা চিনগনি খুনগত্তুনা নাপ্পদা ।

অরাবগীনা ৱানা মুংঙাইবগীনা মুংঙাইনা
মীৎকুপ-পুংজা হৌথিগনি, হৌথিগনি পুন্সি
তমলমদ্রবনি মুংঙাইবদি লাইবক্তা
করিগী লুপ্লীবা ওইরোইদব মঙলান্দা ॥

## ( খুঙলে লোইনা খঙলে )

মেনকা, খঙলে ঙসিদি খঙলে
সংসারগী চৎনবী মালেমসিগী চৎনবী
খঙলে, নোংমদি শোয়রোই নঙ ঐ কায়নরগনি
থৎলীব পন কয়ানা থাইদোক্লরনি নোংমদি
থুংনব, নঙ ঐ থুংনবগী রাদি খঙদে
খঙদে থাজদে থাজবস্থু ঙম্লরোই
নীংনবত ঙায়হৌরে থমোয় অনীদি
থরায় মশেল লাংতক্লবত ঙায়হৌরে
কায়নবদি শোয়দরে লাপ্নবদি শোয়দরে
মচুনি পাম্লীব সমাজনা, চৎনবীগী কুয়োম্না।
নোকলো হরাউরো ঐখোয়গী পিরাংদা
শকলো ঈশৈ শারো জগোয় ঐখোয়গী মোংফমদা
হয়েং শিনি খঙলগা করিগী চেনগনি
শিফমথোকপনি শিরনি
চেন্দুনা হিংলোই লোৎতুনা য়ারোই
তীম্লরমু তমথ্রব উনরমু য়েকথ্রবা
কায়নরনি মেনকা কায়নরনি ইবানী।

## ( নিঙমদনা লোইখ্রদরা )

পুন্সিসে অশুম লোইখ্রদরা নিঙমদনা
হিংবগী অর্থসু খঙঙমদনা চৎলদরা।

লোয়না হোংখ্রে মুংশিবসু হোংখ্রে
ঙমনা ওনখ্রে, থমোয়ডুসু হোংখ্রে।
মহৌশাগী পোথাক্ষম অচুঙৈগী চঙক্ষম
উনা-উনা উখিদরে মীৎমাঙমক্তদা লোৎথরে।

থাঙঙমদা পুক্সিংনা চৈজখি কয়ারক
থেমজীনব ঙমজদা শেগায়খি শক্তম
অঙাউবনি নোক্সরে ফস্তবনি শোম্নরে
মরম করি নৈবনো হংবক্ষাউ হংবীরমদে॥

মমিং তরা নুংশিব )

নুংশিব হৈরুরে মৈচাক ফংনব
অপাম্ব থণ্ডলুরে থমোয় কায়নবা।

কনাগীনো মরালসে তাইনফম খণ্ডদরে
চৈরাক চৈথেং ফংলগা কপচরে ইথন্ত।

থুংনবগী আশাম্ব উদরে মপোকসিদ
লেমহৌরীব পুন্সি করম্নবু হিংশিব॥

মালেমসিদ নুংশিবগী চংজফম লৈতরে
থমোয় খুদিং হুগী ঈচেল চেনথরে॥

অহুনৈগী থমোয়দো য়েহেল্লৌনৈগী নুংশিব
পামজরুবত মণ্ডায়রে শোম্নবত মওইরে॥

( থুংনব-কায়নব )

থুংনব হায়রবা করিনো কায়নব হায়রবা করিনো
তোঙান তোঙন লৈনরম্ব হকচাংনা পুনবহুরবা থুংনবা
তোঙান তেঙানব মফমদগী মফম অমত্তদা লৈবহুরবা থুংনব
অমুক পুনগ্রগা করিগী অমুক থাইদোক্লরক্লিবা
থুংনগ্রগা করিগী মশেল য়ানরক্কবা মশেল থংনব

তাম্না লৈনরি-মথৈ কৌনরবা কায়নব, থুংনদবা
ইনক নক্লা থাপ্নরবা, থমোয় মশেল খঙনদবসু লৈরি
লৈমীরদব য়াদে লৈমীরব, করম্ব মথলনো থুংনবগী
লাপথোক লাথোক্লগা থোয়নাহেন্না নকশিরব
কুইর কুইরগা লাইমন ওইরকপা হুংশিবহুনা করিনো

লৈমিম্নবতনা নত্তে থ্ংনব থাপ্নবত নত্তে কাইনব
পেম্না হায়গে লাউগে ঐহাক্তি অচুম্বসে থঙনবা
থমোয় অনি শকথঙনরবা অমত্ত ওইগেবু তাম্নরবা
কৌরোইদরা মত্থবু থুংনবা হকচাং অনি থাপ্নরবস্থ
কায়নবনি হায়নীংই থমোয় তিম্নদ লৈনিম্নবদো

থমোয় অনী পুনবহুনি থ্ংনব কাইনব লৈত্রব থ্ংনব
মুংশিব কৌবা লংলানা মফম মতম নাইদা পুল্লীব
নক্লে নক্লা পুল্লিব থাপথ্রে থাপনা পুল্লিব
অতৈ অমা লৈতে মত্থদগী হেনবা থ্ংনব কৌনীংঙাই
চিংথোক্লগা মপাঙ্গল হেনগৎপনি মুংশিবা মাগী লংলা

( চিনিচম্প্রা )

কাউরববরা প্রেম
অহুঙৈ ইঙাঙীঙেন নোংজু মরক্তা
নঙ-ঐ নোংবু থুপমীন্নথিবা
চম্প্র-নঙগী শক্তমদো
তয়াংব চিন্দুনা লীথিবদো ৱারী কয়া
হাংদুনা থম্বগুম উথি থমোয় নঙগী ফঙবা
ঐগী ৱার-মতমদা
অঙম্বা তেংবাংগে চোংথোকপা,
ঐগী নুংঙাই মীকুপতা
কবি-কল্পনা কয়ানা শুমহৎপদো তম্বনা।

নঙগী ঈশৈদো
ঐগী থমোয় শকখঙলব শৈরেংলদো
তোয়না তাহনবিখি খাঙমদ্র'তাঞ্জাদা,
ঙাইজখি ঐনা পলেপফম খঙদনা।
নোংম হংজখি,
ঐবু লংনরীবরা ঐবু চাকহল্লিবরা
করিগী হায়দবগে মুংশি হায়না,
মহুতং তাজগে কুইরেদা ঙাইরকপা।
নোকখি নোকখি তৌখিব
প্রেম নঙগী চিনবালনা।
ফোংদ্রবসু মুংশিবদি অহুম খঙবনি
উদ্রবসু লৈশক লোৎপ য়াদে চিনিচম্প্রা
থমোয়মুংগী মুংশিবসু লৈনম চাউবী লৈরাংগুম্বনি
লৈনম তারবদা লৈশক থীরকপা
চানবী নঙগী শমজীদা থেৎচরগে ইখুৎনা
মুংশিব কৌব লৈরাংসে—
কাউদরি প্রেম অহুঙৈগী নঙগী ৱাহৈদো।

(থাবলদ )

থাবল-অচুবৈগী থাবল
অহিঙ্ অচুবৈগী অহিঙ্
ফাউরক্লে থমোয়দা অচুবৈগী মৈচাক
নঙতনি ৱাংলিব
ঙসি অহিঙদ ॥

তারমদাইগী থাজনা লোন্না উখি
নঙগী নাপ্পদ লোন্না
ফোঙজখিবা থম্মোয় ।
করম্না কাউগনি
অচুবৈগী ৱারী
নঙগী মীৎম্মাদা
উজখি মুংশিবগী শক্তম ।

ওমচাক্লরবা লকানুংগী মৈরী
অসুম মৃৎপা ঙাইখিদরা
নিংশীং নিংশীংচুনা
লীজবসে অচুবৈগী
হৌগ্রবা ৱারী
নঙগী নাপ্পদা য়োররোইদকো চান্নবা ॥

( কায়নব হায়দুরা )

ঐদি কাউঙমদনা লৈরি ঙসিন্থ
নিঙমত্রব পুন্সিদো নঙগী ঐগী
মপোকসিমদি কোকনি নিঙদবে
কায়রব থম্মোয়ন থাঙখিব চৈনা।

মীংশিংত্রবস্থ নহাক্তি থম্মোয়সিবু
কাউরল্লগনি থনগম্ন নঙবুদি কৈদৌঙৈ
ঙাউর'— নহাগী পুন্সিদা থেংনখিব
থাংঙমত্রব—খুথীবদো মুত্তরি মমি।

তীন্নত্রব লমথুংগী লমথাই য়োরক্লবদ
পাঙ্গল-থোক্ত কপমীন্নখিব নঙ-ঐ
কায়নবনি হায়রগা অশুক নকশীল্লব
কাউগে হায়বা নোংমতবু ঙমদব ॥

## ( নোংজুগী ইরীক উবদা )

নোংজুগী ইরীক্লা করিগী কপ্লিব
মাগী থম্মোয়নদি করিস্নু খঙবীরোই
এগী মীৎজুদস্নু করিগী পিরাংনো
মাগী মীৎয়েংনদি করিস্নু উবীরোই।

নোংজুগী ইরীক্লা নৌহৌননা লীররি
হৌগ্রব বারী মুংঙনব থোদোক
ওক্লে খাংডমদরে তোক্লো তেংথাব
এনা কপচবদা য়াওরম্নু নহাকস্নু।

অথাক অরাউনা তোইনা থংহনবদা
নথাম্নুংদা চেৎনা কোনবীথিবদো নঙনা
করিগী উহল্লীবা মূৎগ্রব শক্লমদো
ঐগী মৈচাকসিদা মাগী মীনোক্কো॥

( নওগী ব্রাশক ঐগী থাজব )

লাক্কনি বাশকথি কয়ারক নওনা
কুমজা অমা ওনগ্রফাউ লাকথিদে ইনাক্তা

হৈন-লীচং ওইরম্রে নওগীদি বাশকপা
থাজরুই ঐনা থাজগনব— ইহৌশা।

থাবুম কয়া হৌথরে ঙাইবদা
ব্রাকং কয়া তমজথি অহাংবদা।

কনাবু ঙাইরিব হংজথি ইথন্ত
ঙাইজরুবনি ঐনা মীনবু নোক্লব ॥

হৌথরে পুন্সিসে হল্লকপা লৈতনা
নওগী মৈচাক্তি লৈহৌরে হোংদনা।

নোক্লরিনি নওনা ঐগী অশোনব
থাজারাই মওমদে বাশক্তি অরানব ॥

( লম্মুকনরবদা )

কপহল্লে নঙনা অঙনব পুন্সিদা
নোকপফাউ হৈত্রিবৈঙে মপূং ফানা

শিন্থহল্লে পিরাং ইভা-ইঙেনগুম মীৎলুদা
য়েন্নীং থাফাউ লোইদ্রিবৈঙে থম্মোয়হুংদা

পুন্সিগী লমথুং ওইহৌরে কাইনবনা
মঙফাউনদ্রিবৈঙে উনবগী মঙলাননা।

কনাগী মরালনো পাঙ্গলস্থু থোক্তব
চৎথরে নহাক্তি থাম্বস্থু নংহৌদ।

মহাক্কী লম্বীদ নিঙাইদা লমজীংখিব
লমথাই থঙদ ঐহাকপু লম্মুক্নইনব॥

করম্ব ঐগী ইরালনো বারৌখিব
থাঙফম থঙদ থম্মোয়বু ঙাকহনব॥

( মনুং মপাল )

মীনশ্বনি সংসার
তৌশিন্নবনি তাইবঙপাল
থাজনীংঙাই লৈতে পূম্নমক ।
মপান্থোংদনা অমা
মনুংদনা অতোপ্পা অমা
মনুং মপাল লৈতে মান্নবা ।
মপান্থোংদ ময়ুংশিলৈ
মনুংদদি মীকুপ্তবু ময়ুংশিদে
মাগী শাতুনা লৈম্মীমৈ পুন্সি ।
মাগীস্নুনি তৌশিন্নবনি
ঐগী শক্তমতবু কল্লকপনি
হোৎনদে নোংমত থম্মোয়সিবু খংনব

খুত্থম চল্লে খন্দুনা
তাকনি অফ-ফত্ত অচুম-চুমদা
ঐগী খোংথাং খুদীং য়েংগনি মানা।
চুমলে ফরে হায়বদো
নোংমতম্বু ঙাক্তে মহাক্নদি
চৎলুই অরানব লম্বীদ চিংনব লৈতে
তিম্নদ্রব থম্মোয়গী
লমথুং খঙদ্রব পুন্সি লম্বী
খঙদে কৈদৌঙৈ লম্মাংনম্নগব।
সুংশি খঙব মহাক্তো
ঐগী থম্মোয়বু মশক খঙবীবদো
হায়নরি য়েক্নবনি সংসারসিনা।
কনানো অশেংব
কনানো মন্থং মপাল মান্নব
থল্লে সংসার মীনম্বা তৌশিন্নবনা।
অরানব চৎপা মীতনা
পাউতাক পীরি অচুম্ব তৌ
মশাগী মীনম্বছুদি হম্বনবু য়েংলুদে।

( লুহোঙবদা )

১—ইতা, নঙগী লুহোঙবদা
খঙদ্রে কপকদরা-নোক্কদরা
নঙগা কায়নরনি কপনিংই
শাগৈগী মৌ ওইথ্রনি হরাউই।

২—পুন্সিচুপ্পা ভাইরকপদো মসিরা
মঙলান কয়া মঙখিবদো মসিরা
নুংশিমকাদি য়ৌদনা ঐদি
লমলানব কনাগীনাক্তা চৎলেদো।

নোংদমথিবী মুজাগীদি মপোকসে
হিংবগী মহাউ ফংলরোই, ইতা
নোক্লবীরনি পিরাং শিন্থজবফাউ
শিশি শিঙমদ লেল্লুরনি পুন্সি।

কাউবম্থ ঙম্নরোই মতম্না হৌগ্রগা
লৈপুন ওইশি শরি-পদোম্না
মাগী মকাদা কৎগ্রব থম্মোয়
পাম্মু মাবু মপোকসিদ ফংলরোই।

ইতা নহাক্তি লৈহৌখো'সিদ
কাউথোকপীয়ু লাইবকথিবীগী বান্নী
মাবু উরগা হায়বীয়ুকো চান্নবী
শিগ্রবনি মাদি মপোক অমদ উনশি।

পুকচেল হোংখ্রবরা )

হংলদরে ঙসিদি ঐগী অরা নুংঙাই
নোক্লগে লেপ্লবরা ঐগী পনশীরমদাই ॥

নখুৎমক্কা শাগৎলম্ব আশাগী দলান
করিগী তাহল্লীব অরেম্ব মঙলান ॥

পিরাং শীন্থবস্থ য়েঙঙমদে হায়বদাই
করিগী কপহল্লীবা পীবিতুনা বিদাই

উদ্রগ ঙম্লবা অতুক লাইনা কাওথোকপ
করিগী হায়রল্লী ঙাইরম্মু লাক্লীফাউব ॥

কেম্লনি পুন্সিদি নঙনা য়ৌরক্লীভৈ
মৈরী থোক্লনি মৈচাকসিদি খঙবীদ্রীভৈ ।

( থাজবীদব )

থৱায়গী পোম্বাদা ৱাশকচখিব
চৎখরে মহাক্তি থাজবঙমদনা।

হল্লক্লরোই হায়রম্ব মহাকঅদো
হল্লকলি করিগী তোয়না ৱাথলদা
মীচিক-মীরাউখোল তাগ্র—' অহিঙদা
চৈররি করিগী ৱারোৱব থম্মোয়বু ॥

কীজরুবনা মীনোক মৈশা অকনব
শীন্থজব ঙমজদে ফোংনা পীরাং
মৈচাকসিদি অশুম থম্মোয়মুংদা
ঙমচারুনা করিগী চাকুনা লৈরিবা ॥

( কৌরবগুম তারী )

অথেঙব অহিঙ অচীকপ্প ভাংলৌদ
কৌরক্লম্নু অমুক মুংশিরবা খোম্থাংদ
নগুনা কৌদ্রিভৈ য়ৌথ্রবনি থবায়দ্রি
য়ৌখিব মীকুপ্ত্রী হল্লকপবু লৈতরি ॥

হিংলিবরা শিরবরা হায়ফম খঙদরে
হকচাংনা পোম্নুংদা থবায়না ননাক্ত
নোকস্নু মনোকল্লি কংলব মায়থোঙদ
নোক্তববু য়াদবনি থনুংদ কপ্লবফাউ

মীংচৎথীব ফংনবা মীনোকমৈশা নংনব
খোম্থাং য়ৈনা কৌবরা থেঙল-তাংলৌদ
নঙগী খাঙগুমদ মৈচাকতৌ চাক্লশন্নু
য়াউরিবনি মৈরক্তুদা ঐস্নু লেঙদনা।

নঙগী থবায়না
কৌরগা তারিবরা নাপ্নসিদা
উবফংদে চেংলৌদি খোঞ্জেলদি তারী
নতুংইম্না লাক্লগো লানঙমত্রব থবায় নঙগী
হুঞ্জেক্রম্মগে পুম্নক কাম্নত্রব হকচাংগী।

( ৱাহনবরা/নুংঙাইহনবরা )

নঙবু ঐগী য়েক্লবরা
মত্রগা ঐগী চান্নবীরা
ঐবু অশুক ৱাহল্লীব
কন্নি হায়য়ু হায়বগে।

উনীংবনা ঙাউরবা চেঙলৌদো
উজহৌগে খন্দুনা লাকচবনি
উশিন্নদ নঙনা চেনবদি
কন্নিনি হায়না খল্লুগে।
ইপাণ্ডবু ওৈমগে নীংজব
থম্মোয়বু কায়না হল্লোরা।

হৌখিবদ মুংশিব শারম্নগা
ঙসিনা য়েক্লব ঙনগ্রবরা
উদনা লৈঙমদে হায়খিবদো
তায়োননা তাক্লবরা ঐত্তনা
মীগী মীৱাবু লৌহনা
ঐহাকপু ইম্মোকে খল্লবরা?

ময়াইকনব নুংশিব )

খৎন খৎনরগা হেল্লে মুংশিব
শাউন-শাউনরগা হেল্লে পাম্মূব
খৎনদব শাউনদব মুংশিবত্রু মুংশিবরা ?

থরু থরুগা হেল্লে থৌরাংব
উর-উরগা হেল্লে উনিংব
মুংশিবগী ময়াইদি মুংশিরগত খওগনি।

হংল হংলগ লৈত্রে পাউথুম
য়েংল য়েংলগা হেল্লে চমম্নব
মুংশিব করিনো তারুগবু খওগদরা।

কুইর-কুইরগা কাওগদ্রা মথল্লুই
তায়-তায়গা কোকদ্রা মৈচাক
অরেম্ব ওইরমলে পূম্নমক থল্লুবত্ত মওয়রে

## ( অহিঙদ )

হে অহিঙ নঙ লাক্লবরা
ঐবু পোৎথাহনগে থল্লবরা
মাবুদি করিগী পুরক্লবা
ঐদি তূম্মীংবস্থু ফাউররোই ।

চিন্তাগী পোৎলুমসে থারগে
মীকুপ অনীদং তূমজরগে
হায়খিবদাই নঙোন্দা ঙরাংস্থু
করিগী নথন্ত লাক্লব ।

মাগা অমুক্তুংদি উনজগে
ৱাহং অমফাউ হায়জরোই
মাগী মীৎয়েংদো উজগে
পুকচেল হোংলবরা থঙজগে ।

*হল্লো অহিঙ ঙসিন্থ*

ঐবু পোখাহনব ঙম্লরোই
হয়েংস্থু অস্থম ঙাইরমগে
হিংব থোক্লব ঙসিসিনা।

বাখলনা ঙাউরবা পোখাফম খঙদ্রব
লোইথ্রশন্থু মপোকসে মীংচৎপু খিরব
তূম্নীংবস্থু চেনখরে লাম্বস্থু পোক্তরে
থম্মোয়মুংগী ইহুলসে লেপথ্রগনি শোয়দনা

মুংশিবী নঙনা করম হিংলিব
কুইরেদা উদবা নপাউস্থু তাদব
নৌরবী হকচাংনা চৈনাবু খাঙবদো
করম্নবু খাঙলিগব অয়োনাহে চনহুনা।

মপাম্থোংনা অমা মনুংদা অমা
মীনোক-মৈশানা চাকপদা কেম্নরিনি
থাক্লবনি লাং ইশানা খল্লরিনি
শিরশি শিঙমদা পাইথ্রশি পাইঙমদা॥

নঙবু পুহুনা খুজেঙবু পায়হুনা
অখাম্নদা চৎলম্মী বাখলগী মঙলান্দা
অচীকপা উমংদা কনা উরক্তবদা
কপমীম্নখি ইবানী শীস্থমিম্নখি পিরাং॥

তুমদি-তুমদ মঙলিব মঙসে
কয়া কুইনা মঙখিনি অশুম্না
হিংব-ওক্লবদা শিবা হৌনশানি
লাক্লো চান্নবী মতুনা অচুম্বনি ॥

উতুনতা মরৈম্রে নঙগী মায়থোঙ
পিরাংনা চোৎলবা, শম্লাংনা চোইরব
কখোক্লগে পুন্সি থম্মোয়সিগী মহাকথক
পূরগে খল্লি 'চান্নবী' নঙবু খুৎশম্না

( গুলী )

কদায়, গুলীদো !
তুম্নবগী গুলীদো চারগে,
লোয়না পীরকউ
মুমীৎ তরানী চানবদো।
তুম্নরোই মতুন্তনদি,
খাকহৌরম্নু মখাক নুমীৎ কয়াগী।
বস ! কমদৌই
লোয়না অমুক্তদা চারেদো।
পণ্ডথরক্লনি মথং মথং শিংলী পূম্বা
কায়াৎ পূম্বা ঙম্না পোত্থারনি।

ঙাউরক্লে ইকোক ঙমদরে লেপ্প
ঙুইথরে ইমীৎ পঙথরে ইনাকোং
ঊদরে তাদরে মপানথোংগী পুম্নমক
আহঃ কয়াদ ফরবা
ইয়াং য়াংলে হকচাং
লশিং মফোনগুম পাইরে মালংদা
পাইরে পাইরে য়াঙনা পাইরে
ঙম্নরোই থাম্ব কনানসু হৌজিক্তি
ইনীঙতমলে ইশা পাল্লে
কদায় য়োৌনা পাইদৌরিব
য়োৌনীংবদি শুপ্নগী চান্নবীগী নাক্তনি
নীংজরিব লাইগী নাক্তসু নত্তে।
কুবেরগী কোন্নুংদসু নত্তে
শুপ্নগী চান্নবীগী মনাক্ত
ঊরে, ঊরে মহাক
য়োৎলী তারানা থাজল্লবা মফমদা
মথুৎ অনী তুংবুন্নরনা পুন্দুনা লৈরে।
তারীবরা চান্নবী
চাউ গুলীশে, লোয়না চাউ
ঐগুম্না নঙসু পাইব ঙম্ননি
তুংইল্লকও ঐগী ; য়োৌথ্রশি অথাপ্পদ
মুংশিববু হঙ্গোইনা য়েংনদব লমদমদা।

অহুম্নি অহুনি
লোইনমক চাশীল্লো চান্নবী
কুইররোই নাম্বোক্লগনি নওস্থ ঐগুম্না।
কমদোই, কমদোরকই নশাদো
পাইব হৌরক্লবা নত্তরা
লাকও লাকও কয়াদ হুংঙাইরবা
নঙ-ঐ ইনীংতম্না পাইমিন্নথ্রশি।
ফজদরা য়েংঙু মথাদ উরিবা
হৈকোল-লৈকোল চীং পাৎ তুরেল
শঙবান্নরবা উমং-বামং
য়েংঙু পূক্লীং হুংঙনদরনে।
করিনো সিদি, হকচাংসে চোকথরক্লে
ঈথৌলাংব ফাউরক্লে
খৌরী চরম ইকও কংথরে
পাইব ঙমলোইদোরে খৌরাংবসিনা
লৈথা কূমহুনা থিরুথিগে লাইজ।
কোয়না পাইহুনা ঐবু ঙাইরমখোকো
লৈরমখোকো চান্নবী
ইথৌলাংবসে কোকলুথিগে।
কুমথরে ঐ কুমথরে
করি মতৌনো সিদি
মফমসিদি লৈঙোয়লমনিনা

কদায়দনো থিরুদৌব লাইজ ঈশীং
বাবনস্থ লোইরে থাংঙমদরে
শ্বর হোনবস্থ ঙম্লক্তরে
ননাক্তা অমুক লাক্লগে চান্নবী,
নঙনা কৈদমুক পাইথ্রবা
ঐনা কৌবসে তাদরবরা
খোঞ্জেলবু থোক্কে কৌরীবসিস্থ
ঙমদরে ঐ ইশাসে পুব
চান্নবী, চান্নবী, চা-ন-ন-বী।
ইথন্তফাউ তাজদ্রবা খোম্থোকসে
মতৎ মতৎ কৌতুনা খাংলী
পুবঙমলক্তে হুকচাংগী পোৎলুম
হায়থরকলে লৈখাতম্না,
শারবা লৈঙোই লমগী লৈথা তম্না,
কনবীয়ু ঐবু কনবীয়ু
চাকথেকথ্রগনি ঐবু মফমসিদা
য়োরে য়োরে মৈশা-ফংলকলে
নঙবু কৈদনো চান্নবী
আহঃ পাঙ্গল য়াউরে
লৈকংলাগী লৈঙোই মঙ্গুঙদা
ফ্রীং ফ্রীং চোংলি ঐনা
মৈশাসিনা লোইনা নমহুৎখরে

ঐ, ঐ ওইদরে
ঐ; ঐ ওইদরে
ফরে লৈচোরশন্নু ঐগী হকচাং
কাথেক্লনা লৈকংলাসিগী মৈশানা
থবায় ঐনা ননাক্তা লাকলে
ফরে মসিনা কনানস্থু য়েংলরোই
অরাম খোঁরাংস্থু অমুক পোক্লরোই
অরা অনা অমুক নংলরোই লম্বীদা
চান্নবী ঐ লাকলে
ঐনদি উরে নঙনদি ঐবু উদ্রবরা
হায়যু নঙনদি ঐবু উদ্রবরা।
করিগীনো অহাংবদা য়েংলীবা
কনাবু থিরীবনো চান্নবী
ননাক্তা লেপ্লীবসে ঐনি, ঐনিনে, চান্নবী।

( শাউরবরা )

ঐগা উনরবোই করিগী বাশক্লিবা
খঙহনবীরম্মু মরমহুতংদি অমুক্তা।

ঐগী বাসু তারবোই খল্লবরা
তাকপীরম্মু মরমহুতংদি অমুক্তা॥

ঐনা লানখিব করি লৈহুনা
লাপথোক্লগে খল্লিবা অহুকলায়না।

নঙগী করম্বা অনৌব আশানো
বারৌজরোই তাকপীরম্মু অমুক্তা॥

নোংমতং উদবদ লৈঙমদে হায়বদাই
ইপাউবু তারগ পোত্থারি হায়বদাই।

হোংখিনি থাজদ' হোংখিব থম্মোয়দো
বারৌজরোই তাকপীরম্মু অমুক্তা॥

( নঙতনি )

নঙ য়াউত্রব পুন্সিবু
হায়য়ু, কৌথিদরা পুন্সি
নঙ অমা নত্তনদি
অরেম্বনি মালেম।

থাবল য়াউত্রব থাজ
কৌনবরনে থাজ
থরোয় লৈত্রব হকচাং
হায়নবরনে মীওইবা।
থবাই হকচাং অনীগী
মরী অত্থনি নুংশিব॥

থবান্মীচাক্তি লিশীং (২) নি
অমত্তনিনে থাজদি
ইরাং কৈথেলদা হা:রিব
শক্নী লাইথিবী কয়ানি
থম্মোয় পানবদি নঙতনি
থঞ্জরুবনি ঐনা

( অমম্বলম্বীসিদ )

অমম্ব লম্বীসিদ পুবিরগ ঐবু
লম্মথাঙদ করিগী মাঙখিব নঙদি।

পংলব থম্মোয়সিবু তম্বীরগ নুংশিবা
করিগী নুংশি-থঙদব শাথিবা নঙদি।

লমলানবনি থঙনা কথোক্লুব পুন্সি
মঙলানগী তাইবঙ ওইহৌরে ঙসি।

পল্লোন লাম্ন চৎথ্রবা নঙগী মায়কৈদ
পীরোয়ননা য়েংহৌরে হল্লকখিদরা।

খেন্নব কয়া কাউত্রনা অত্থৈ ইবানী
নুংশি লীপুন্না পুল্লুরে থম্মোয়'নী।

নখুৎমক্লা ঙসিদি থদৎপীরমলে
শান্নপোৎকুম নঙনা লংথোকপীরম্লে।

## শাউনীংলক্লে

বারৌব হৈতব থম্মোয়সে বারৌরে
অশাউব থংদ্রব মুংশিবসু শাউরে।
তাইবঙসিদ হিংলিব মীওইবনি ঐসু
ঈ-তোংনা শাব হকচাং ঐগীসু পানবনি।
থাঙহুনত লৈব বাহুনত লৈব
হাকমল্লে হাকমল্লে চান্নবী হাকমল্লে॥
ঈরাং ঈপাক্তা ঈয়োইহুনা পেম্মোকপা
অশুক বানা থাঙলিবসু উবীদা।
য়াদেকো হায়খিব থৌওংদো ফত্তব
হন্না হন্না মীৎমাংদা তৌরগে মতৌব।
ইমাঙদনা নোকশীন্না ইতুঙদনা খুতুম্‌শীঙ
ঙাইহাক্কী অপাম্ববু ফংনব হোৎনব
য়েক্লবনি থঞ্জরগে লমনবু শিংলগে
য়েংলগে নঙসু কয়াম্ববু মুংঙাইবা
থঙবঙম্নকপরা ময়েংউ নরালদো
থম্মোয়হুদা চৈনা অমুক পাল্লবদা।

( খুঙলক্কনি মতমদুদা )

থম্মোয়মুংগী চাক্লিব মৈরীসিনা মুৎথ্রগ
চাকহৌগনি চিতাগী মৈরী অরোইব ওইনা
খুঙলক্কনি মতমদুদা ঐনা কয়াদ বাজখিবা।

মীৎলুগী শীস্থরিব পিরাংনা লেপথ্রগা
শীস্থরক্কনি পিরাং নোংদোল লীক্লা ওইনা,
উরক্কনি মতমদুদা ঐনা কয়াদ কপচখিবা॥

থম্মোয়সিনা মচেৎতানা কায়খিব থোক্লব
ফংলরোই খিজুনস্থু থাজবদি মালেমসিদ
হায়হৌগনি মতমদুদা ঐনা কয়াদ চাকহনখিব॥

নোক্লরনি কিবনা পাঙ্গলস্থু থোকখিদ্রব
অমুকহন্না নোক্লরনি নঙবুদি নথন্নতা
ফাউরক্কনি মতমদুদা নঙনা করি লানখিবা॥

(লৈকোলদ)

লাক্লোনে শকহেনবী
  লৈকোলসিদ ফম্লসি
ঐবু পোম্বাহনগে খনবদাই
  খম্মোয়সিবু ইঙহল্লগে হায়বদাই।

চান্নবী নঙগী নতম্বাক্তা
  ইকোকসে খমতুনা হিপথরগে
শকউ মুংশি ঈশৈ
  নঙগী ঐগী হৌথ্রব মংপোকী।

ঙুমিদাংবাইগী নামীবনা
 হৈনম লৈনম য়েল্লরে
তারমদাই কোরৌগী মঙালদা
 মহৌশাগী শক্লোনসে শুমহৎলে।

করিস্থ হায়রোই ঐদি
 অশুম তুমিন্না য়েংজগে
নঙগী চেংলৌ ময়ায় কারব
 মন্থবু হেনগৎনব মহৌশা।

মীওইপোক্কী মুংঙাইব
 থম্মোয় পাল্লবগী থঙজব
নঙ-ঐগী উনরিব মীকুপ
 তাঙনা লাকপনি যুগ কয়াগী মতুং।

কনা লৈত্রে নোক্কবীনব
 কল্লক মিহৌব মথোয়স্থ মাঙখরে
চিংনব পূস্থ থাদোক্লসি
 তপ্লব ঈচেলসিদা তাউমীম্নরশি মুংশিবগী।

( গঙ্গাগী শেংলব ঈচেলদ )

নীংশিংজ্রবরা মেনকা
অতুৈঙ মীরমতুদা চৎপদা
চৎলমদাই নঙ-ঐ খৎনখিবা
কপখিবদো উপায় লৈত
মাঙলে, লোইরে বাজতুনা
নিঙমদ' থাদোক্রুম্বদো ইরমদম
পুখিবদাই অরোনব তম্বীর
নঙগী ঐগী সুংশিগী শাক্ষি
ঙম্বরা য়েংগে পোথাব খন্দুনা।

থোইনা হেন্না চাকখিব
য়েংলগ য়েংলগ তস্বীরদো
য়েংলরোই কদায় য়েংখিসি কদায়।
চেল্লীবা রেলগাড়ীনা পুখী
অসুম অসুম খাপতোকখি ঐঙোন্দগী
হেন্না হেন্নতুম কপখি থাপ্তোক্লগা
গঙ্গা তুরেলবু লানবদা
ইস্থখি তস্বীরদো ইয়ায়দা
মপোকসিগীদি ওইররোই থুংনব
হে গঙ্গা লাইরম্লেনগী তুরেল
নঙদি মক্তুবীনি নঙদি শেংজবীনি
মকত্রব মুংশি-শাক্ষিসিবুস্থ পুথথরো নঙনা
থোঙনাউদা য়েংথোক্কুনা
মুরুম মুরুম শোনখিবদো নঙনা
শীস্থরকপা পিগী ঈচেলস্থ
গঙ্গাগী ঈচেলদা থাজদনা তিনখি।
অহুগুম্ব মুংশিবদো
অহুগুম্ব মৈচাকতো থম্মোয় অনীগী
করম্না মাঙগনি করম্না লোইথিনি!

## ( লৈপরেং )

হুংশিব কৌব নিশাদো
থক্লুবনা ঙাউরবী নঙনি
উরুব খুদিং থেংনরু খুদীং
থনখিদো মানা পান্নীদরা

ফজব অমত্তুং অহাউব অমত্তুং
পীনিংবনা মঙোন্দা লৈতাখিদে থম্মোয়
নোংমা কৈথেল পোৎলক্তা উখি
লৈ-পরেং থরা লৈরাং মখল কয়াগী

ফাউরকখি অঙাউবা ইথীল লকান্নুংদা
মাগী ঙকশমদা হুক্লবদি পরেংসে !!
করি খন্থরুদনা মী কনা উহন্দনা
শেলবু লংশিনখি পরেংহু পামহুনা

নংহৌরোই মতাঙুম তম্না হাপখি
নঙগী "হেও বেগতা" হুয়ান পোৎকুম॥
কয়াদা য়ানা পুহ্নুা চৎখিব মনাক্তা
মী অতৈ উথ্রগা হংলকনি কনাগীনো।

মাবু কৌথোকখি অয়োনবা ঈঙ্গিৎনা
করিনো হংলকপদা লৈ-পরেং হুকে হায়রুখি।
নোক্নুম নোক্নুনা চৎখি থৌশাদনা
ভঙাইফদব থবক লৈরে হায়রম্লগা।

হল্লকখিদরা ঙাইনা ঙাইনা হল্লকখিদে
তগৎ তগৎ তেক্লম্ব লৈরাংশিং থুইথখ্রে
ঙাউরবী হায়বহ্রা ঐসে থল্লহ্নুা
কনা থঙহন্দা লংথোকখি লৈ-পরেংদো।

( লৈগী দোলাই )

লৈগী দোলাই ভোংদুনা চৎখরে নওদি
তিংখং 'থক্তা ঐদি খাঙহৌরে মৈচাক।
খঙখিদরে থশ্বোয়নসে অরোইব মীৎকুপফাও
চীংন-লৈচিল্লক্তা হুমদোক্লম্লে অশুম্মক্ ।।

লাকখিবনি হায়গে থম্মা হায়নিংব কয়া
তাগদোব নঙতনা চৎখিবনি তাবীদনা।
হাংহৌরে মালেমসে নঙঅমা লৈত্রবদা
ইথস্ত-খল্লম্বনি মীৎয়েঙ নঙতনা অদুঙৈ ।।

মমহৌরে পুন্সিসে মুৎথ্রবদা মঙাল নঙনা
ভাল্লরোই মঙাল অমা অদুঙৈগী নঙনা
ঐনা কয়াদা বারীব শিশি শিঙমদনা
অরেম্ব তারে হৌজিক্তি তেংথা-নাওইরীবা।

( নঙগীদমক )

ঐনা কপলি নঙনা নোঙ্গনব
ঐনা চৎলি নঙনা লৈহৌনব
লৈহৌব নঙগীনি লৈকোলগী ফজব
চৎলব ঐগীদি থনম্লবনি লোইনা।

মোংফমথক্কী ফুরাদা ইরম্লগে
নঙগীদমক্তি চৎলিবসে ঐহাক্না
থাদোক্লে ঙসিদি আশাগী মঙলান
হেনগৎনব ফজব নঙগী মঙলান্দ॥

শক্লমগে ঈশৈ অসিমতং তোয়না
নাকেন্থাগী কংলব উনাগী তাম্থাদা
কপ্লব নতেকো ঐহাকী ঈশৈসে
মপুঙ ফাহনগে নীংজবনি নঙগী মীনোক॥

( ঐগী ধর্ম্ম )

ঐগী ধর্ম্মদি নুংশিবনি
খৃষ্ট্যান নত্তে মুসলীম নত্তে, নত্তে হিন্দু
অমত্তংদা নুংশিক্লবনা
ওম্লকপনি শন্দোকপা পাক-শন্না।
মৈন্নুংদা ঈকল্লরবা সনাগুম
মৈচাক কয়া থাওলুরব অবা'কয়া নংলুরব
নুংশিগী থম্মোয় মঙালবু থোক্লে।

কল্লকপা মাঙখরে মীহৌব লৈতরে
নাপল য়াউদা তেংবাংঙব তমহৌরে
য়েঙ্খোকপা হৈহৌরে মুংশিব জগৎতা।
ওইব য়াদে ইথম্ভগী
লোৎপা য়াদে খম্মোয় লকাদা
হিংমিন্নশি পূম্না তেংবাংনদুনা অঙম অঙম্বা।
লৈরাংনা পোমলিঙৈ লৈনমস্থু লোৎলম্মী
লৈরাং লৈশাৎ তমথ্রবদা লৈনমদি শন্দোকখ্রে।
লৈশকনা শুমহৎলে লৈনমনা ঙাওহল্লে
খম্মোয় খুদিং শাৎলসনু লৈরাংদি মুংশিব।
য়েক্লবনা কনানো য়েংথীবনা কনা
খম্মোয়বু পাল্লব ঐগীদি মরুপনি
ঙসি খঙদ্রবস্থু হয়েং মরৈরি
নোংমদি ফাউগনি চিনিচম্প্রাগী লৈনম।
মালেমগী কাচিন কোয়া খুদীং
চিখ্রব লৈতনা শাৎলশনু লৈরাং।
মুংঙাইব থিবদা বারব মীওইব
খঙলক্লসমু অশেংব মুংঙাইব
ঐগী ধর্ম্মদি মুংশিবনি অশেংব
খেন্নব য়াউদ্রব তৌশিন্নব লৈত্রব॥

( অল্লাবকৌব নঙবু··· )

কনা লৈতে অশেঙব মরুপ
 'অৱাব' কৌবসে নত্তনা তাইবঙদা
মাতনি, থাদোবপ-লৈত ইন্নরীব
 খোংথাঙ থূদিং পুন্সিগী লম্বেলদা ॥

'মুংঙাইব' মমীংত ফজব, মচৎতি থীগ্রব
 লমচৎ নাইদবী কনাগুম্বীগী শক্লোন্দা
মীকুপতং লৈরম্লগা হুন্দোক্লুনা চৎখিব
 লৌথি মমলদি মতীকচানা, মুন্দুনা ॥

অৱাব নঙগা তীন্নজরগা পুন্সিসে
 ঙমদব কয়া ঙমখিদো অনিঙব কয়ামা থম্লিদো
থায় হায়ব থঙনা তাইবঙনা হিংনী'লি
 মুংঙাইতে থঙনা শিববু কনাম্নু পাম্নদে ॥

করিগী অশুক হঙ্গোইনরিব অশিব নঙবু
 শিরনি থঙলব মীকুপ্তফাউ ছীংগে লাক্লরি
অৱাব কৌব মরুপ মাগী তৌ'ঙম্ব
 অঙকপদি লিচীংনি মাতনা পানবনি ।

## রোবোইতি নত্তেদনা

থল্লি য়াম্না থল্লি
   হঞ্জিল হঞ্জিল থবক হাঙবদা
হিংবগী কান্নব করিনো
   শিরগনা মাঙজব করি।
থনবম্থৈ থল্লগা
   লৈহৌই ফল তাদনা
পাউথুম অপেনব অমত্তং
   ফংজিতৈ শিরনি শোয়দনা

হায়ুমব কয়া নৈরি
খেংনরি পাউতাক কয়া
পেনদি পেন্দে মখোয়হুদা
কমানো গুমগদব পেলহনবা
পোকপদি পোক্রি কয়ামা
কয়া কয়াস্থ শিরি উনা উনা
পোকপদি খুতুম চল্লে
শিববুদি গুমত্রি গুম্রমোই।

গীতানা লাউরি লেপ্তনা
খলুম্ম, য়েংলুম্ম, খবক্তি তৌ
করিগী নৈরম্বা বুদ্ধী
খন্দব য়েংতব তারবদি
রোবোটকুম বাখল য়াওদনা
তৌগদবহুতং তৌরগা নৈগদরা?
অপাস্ব, স্নংশিবা, স্নংগাই
খগুহনবীরস্ব করিগী জীবদা?

## নাইবক-নাইবক

ফত্তব তৌনু অফব তৌ
য়ানীংই ঐসু নঙসু মাসু
ঙম্লিমথৈদি তৌগনি অফব
ঙমদ্রবদি ঙমদ্রেদনা, জীবনি।
কাবু হেন্দ্রবদি ফত্তব লৈরোই
মফম মতমবু চারদি অফব ঙাক্লি
কাবু হেন্না কিশিল্লুরবদি
চাহুনা হীংবসু পাপনি।

হিংনব লাকপনি হিংব তাই
শিদ্রিফাউবদি হিংব মতাবনি,
হিংনবগীদমক পোৎচঙ থরদংদি চঙই
ওইজখিব কৌরগ্রা মতু তানবদা
পাপ হায়ববু করিনো
চিংনরিবতু নত্তরা কিরিবতু নত্তরা
পুন্য হায়বতুদি থঙদে
পাপ নত্তবঃখৈ পুন্যনি য়ানিংদে।

অতৈদি থাক্কদে 'লাইবক' নত্তনা
লাইবক থীব-ফব অনীগী থেম্নব থঙই তশেঙনা
লাইবক্কী কুম্মৈ ঙাক্তনিবু হায়নীংই
বাতুনতা লাকপনা চপচানা থঙই মতুতংদি
ইরুক্কনীংবদা থেঙ্গ্রাবু তেকইদো
লাইবক ফব মখোয়দি পাপপু চেন্দে।
লাইবক থীব নঙ ঐদি অরেম্বনি পূম্নমক্
লাইজ ওইরবোই তাম্নরুব লৈঙোয়লমগী মীরেলত
ওইরম্মী॥

অচুম্ব-অৱাব, মীনম্ব-নুংঙাইব

মতেঙ পাংউ লাকই মী কয়া
অঙম্ব থবক্তি পাংগে য়াক্লুই।
মতেঙ পাঙব হায়নৈ পুন্সনি
মীগী মনীং থুংহনব অফবনি।

অৱানব থবক ঙাক্ত ওইরমই
মতেঙ পীরবদো পাংবিয়ু হায়না।
ঙমলোই হায়ক্লরে শাপপু তৌরমই
চৈরমই তৌবীমল খঙদে, মতীকচাদে।

অচুম্ব থবক্তা অকব লম্বীদা
ঙমজমথৈ তেংবাংগে হল্লকখো হায়খি।
অচুম্ব হায়দুদি মতেঙ চঙদে হায়রম্মী
অকব থবক্তি মথন্ত মপুঙ ফায় তাক্লম্মী

চুমম্ব চুমগ্রব বানি থহেল্লোই
মতেঙ পাংলম্বনভুম ফরদবা শোহেল্লোই।
তাক্লম্মী পুন্সিরোল সমাজগী চৎনরোল
অরানব তৌবদু কৌবনি তেংবাংব॥

থঙনা থঙনা চিংশিনখি থম্মোয়সে
ফজব-অহাউব মীহৌব লৈরাংশিংগী লৈকোলদা
মসিবু কৌই হিংব ভাব তারকই
ঙমগ্রে ঙমগ্রে অরানবনা অচুম্ববু॥

কপ্পহল্লে নঙনা অঙনব পুন্সিদা
নোকপফাউ হৈত্রিবৈঙে মপুঙফানা।···

*

নঙ য়াউদ্রব পুন্সিবু, কৌখিদরা পুন্সি
নঙ অমা নত্তনদি অরেম্বনি মালেম॥···

*

নঙগী আশাদ হিংলম্ব পুন্সি
নঙগী মৈচাক্তা কেম্লনি ঙসি॥···

*

থব্রায়গী পোন্থাদা ব্রাশকখিবা
চৎথরে মহাক্তি থাজব ঙমদনা॥···

*

হৈন-লীচং ওইরম্লে নঙগীদি ব্রাশকপা
থাজরুবনি ঐনা থাজগনব ইহৌশা।···



কনানাবু পাগম্নগে মঙগী শৈরেংশিং লাইরিকসে, ঈশৈ ওইনা অতূক তাবনা তাবনি। কনানসু হায়দে, ঐনা ঈথক্ত হায়জবনি।

অপাম্বা অনীংব হায়বসে অঙকপনি কান্নবনা করিনো কান্নদবনা করিনো? ত,জমহল শাকবনা সাহজাহাঁনদা কবি কান্নখি। 'শকুন্তলা' ইকবনা ঙমখিবরা কলিদাস ইনাকখুনবা।

থম্মোয মানব মহাকুন্দ,দি রা খবতংনা রা চাম্ম হায়রগা' মান্নে। ঙুংশিবনু মনল লৈনা লৌনীবা থম্মোযবু থাক মেম্না থম্বীদব মখোয়হুদা কচ্চরবনি ঐগী খুদোংলস্নে "ঙুল্লী অনম্বুং থরায়গী শৈবোল" মখোযহুনা মখা ইথনবা আশা পীবীরকশন্নু।

মণিপুর সরকাবগী শিক্ষা বিভাগনা মতেং পীবিবকপগীদমব থাগৎচবি। মরুপ খুন জয়কুমাবনা মখুম য়েকপীবা অতুগা ইনাং পবিত্রনা মন্নুংগী লাই যেকপীবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচবি।

কে সি নন্দ

১৯৮৬